# নীংতম শৈরেং খুদোল

( ভারত নীংতম্বগী ২৫শুবা কুমওন্দা কোওবা )






মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
ইম্ফাল।

# নীংতম শৈরেং খুদোল



খুদোল—

ভারত নীং তম্বগী লানফমদা

থরাই কংখিবা শহীদশিংদা।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

**Ningtam Sheireng Khudol**, A collection of Seventeen Manipuri Poem dedicated on the occasion of the Silver Jubilee Celebration of Indian Independence.



অহানবা ফোঙবা—এপ্রিল, ১৯৭৩

কোপী—৫০০

সম্পাদন তৌবা—শ্রীগুণ সিংহ অমসুং শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী

অফোঙবা—মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা রোড, ইম্ফাল

নম্ফম—দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অমনিদং

কুমসি চহী অসি ভারত নীংতম্বগী ২৫শুবা কুমওন্নি। মসিগীদমক ভারত শীনবা থুংনা সাহিত্য, কলা অমস্তুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়া কয়ানা মখোয় মখোয়না ওন্বা অমস্তুং চুনবা মওংদা থৌরম কয়া কয়া পাংথোক্লি। মণিপুরদা সরকারনা শেলগী মতেং পীদুনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডমীনা শীল্লাংনা সংস্কৃতিগী ওইবা থৌরম কয়া পাংথোকখি। মদুগী মন্নুং চন্না মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "কবি সম্মেলন" অমা গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা পাংথোকখি। মসিগীদমক ষ্টেট কলা একাডমীনা লুপা ৪০০ খক মতেং পীরকখি। পরিষদনা হায়রিবা শেনফম অসিনা কবি সম্মেলনদা পাথোকখিবা শৈরেংশিং অদু খোমজিন্দুনা "নীংতম শৈরেং খুদোল" হায়বা লাইরিক মচা অসি ফোংদোকচরি। মসি পাংথোক্নবা থৌদা শিন্নবিরিবা অমস্তুং শেলগী মতেং পীবিরিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডমী অমস্তুং মণিপুর সরকারবু পরিষদকী মাইকৈদগী থাগচরি। কবি সম্মেলনদা শরুক য়াবিখিবা কবিশিংবু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

তাং ২৯।৪।৭৩ ইং

সম্পাদকশিং—

# খীরম-লামায়

# নীংতম শৈরেং খুদোল

## ভারত বন্দনা

জৈ মা ভারত,
জৈ মা নংগী জৈ !
নত্তে ইমা ঐদি অশৈবা—
থোংত্রি থাদ পেনা কদৌন্নুং,
চিংত্রি চৈজিং 'মুক্তা করিহুং—
নত্তে ইমা ঐদি অশৈবা !
অশৈক্ষমদা নংগী গুলৈবা
বাত্তে থঁতি ইমা শৈরাংবা—
তান্না-হান্নি কন্না'মা,
কাঁঙা-থঙ্গোং কোজায়'মা,—
খোইমু-কোকিল লথা'মা,
লৈদো ইমা নংগী থৌগলবা !

শকে 'ডুবুঙসিদি,
ঙসি কৌবা নোংসিদি
নাউরা মতম ইমা কৌ
তোয়না তোয়না পেন্না কৌ।
হাদ পলেম সুংশিবি,
পলেম নংবু অপোকপি,
ভারত লৈমা পুকফবি,
জৈ মা নংগী জৈ!

এহেলো-খোঞ্জেন্না অহানবা ঈথরুখিবি,
এহেলো-ইন্নুংনা অহানবা ঙাঙ্রানখিবি,
য়াইফরোন্না উমং নংগী খোন্থাংনখিবি,
নংগী মালেম শুন্না লৈকোয় থুংনা ঙানখিবি,
জৈ মা নংগী জৈ!
চৎলু সেবাধর্ম্ম, সেবাগীনি পুন্সি,
কাউহু সেবাধর্ম্ম মহৈ য়ান্নি পুন্সি—
ইমা নংগী দীক্ষামন্ত্রনি।

থাখি পুরু থরাই পোন্থা
বিতস্তাগী লানফমদা;
থাখি পৃথ্বী থরাই পোন্থা
তৈরোরীগী লানফমদা;

থাখি সিরাজ থরাই পোন্থা
পলাশীগী লানফমদা;
থাখি লক্ষ্মী থরাই পোন্থা
গ্বালিয়রগী লানফমদা;
ইমা নংগী সেবাগী ঙাক্লি।

ইমা অরাবনি অবাবা,
খল্লুবদা তুচুংবা—
চহী কুমজা চনীনি
ইমা নংনা নাইওইবা,
চহী কুমজা চনীনি
ইমা নংবু কাউরুবা।
কপখি ইমা নচা মুকুন্দ—
থাখি সাধক থবাই পোম্বা
য়েনখি জ্ঞান মহাক্কী কর্ম্মক্ষেত্র;
হাপখি প্রেম মহাক্কী শ্যামাপূজা—
নীংসংখি 'মা নংগী দীক্ষামন্ত্র;
কৎনখি ইমা নঙোন্দা পূজা;
ভগৎ, ক্ষুদি, সুভাস নচা কয়া কয়া
কৎখি থবাই ইমা নংগী নাইমল—
কোক্লকপনি ইমা 'স্থম নংগী নাইকম!
পাইরে হৌজিক্তি ইমা নীংদম-কিরাল মচু'হুম
মুমিৎথানা মুত্রিফাও পাইরসনু মচু'হুম!
জৈ মা নংগী জৈ!
পীনরে হকচাং নহাক্কী লৈরীক,
চেহ্নলনবীরে ঈ নহাক্কী ঈরীক
জৈ মা নংগী জৈ!
হাপ্পীরে থবাই নহাক্কী থুংশিৎ
নহাক্কী নহৈ নরোংনা পাঙ্গল,
জৈ মা নংগী জৈ!

যুগ যুগ খুৎসিং থলেম চাওবা শাক্লোনবি,
কংলৈ খোঙজেল মৈনম পারি-নমোম
খোম্লাংবি,
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ।

মীনকেতন সিংহ
১৮।৮।৭২

---

# সনা ফিগে

( মৈতৈ পুয়াগী বিতলেং ছন্দ )

মম্লে মম্লে পুংমম্ মম্
নোংম্লাই-তুয়াই নোংজু থাস্লম্
　　মম্বনা থেংনরে মপং মপাংনা।
মঙান্ মৈঙান্ থাল্না থান্দে;
কাচিন কোৎচিন মিংৎসু উদবনস্থ,
　　থেংনবা অমম্বা মীথা পোনবমা।
উশিত্তে থৌশাবীদে ইংরেজীনা ইন্দিয়ানমু,
মখোয়না ঐখোয়দা থম ই [illegible]
　　মপুমা মহোই মীদাইদা [illegible]।

ভারত মিং ইমাগী মিং থোনখি ঋষিশিংনা
মিংহোঁখি হোঁখি মীখা হেক পোনবনা।
মিংলান ইন্দিয়া কৌখি কৌনখি।
পাণ্ডব পাথৌশিংবু হোঁখি মিংলেনশিং,
লোৎখি মীনাইগুম লৈখি বিরাটতা,
অদুগুম্ পলেমন্ন্থ লৌখি মিংলান।

ভারত ফাখিদে ফাখি ইন্দিয়া,
মীনাই লাংনা ওমদে পুনবা
মুংশিবী ঐখোয়গী ভারত ইমা।

টিকেন্দ্র বীরেন্দ্র থৌরবা থাঙ্গাল
লাউখি খোংখি বজ্র খোম্থাংনা
ককৃউ ককৃউ খুৎ পেন্নবা
হায়খি পনখি য়েংখোইবা অথৌবা
ককলে কক্রে পোল্লনি মীখা
অদুবু অদুবু নিংহন্নবা চুম্বরা!

নিংশিংজৈ কৃষ্ণ তাকখিবা অর্জ্জুনদা
হৌগৎলো পার্থ পাথৌবা পাণ্ডব,
পাঙ্গৈরো খুৎলাই য়ারোই লান ভোদবা।

থরাই থরানমিচাক থোকখি লিশিং লিশিং
অমম্বা ইন্দিয়া মমখি লিশিংনা।
নোংদম্বগী নোংদমখোন থিংগনী কনানা।

গান্ধীগী মবুদ্ধি নেহরুগী মীরুহেন
সুভাষগী ভাষণ ঙাললে ইন্দিয়ানা,
ইমানা থোললে লুপাগী ফিজোন।

পলেমগী থমোয় কায়খি অনীথোক্না,
কুমওন কুনমঙা ঙমদ্রে ঙাশিন্নবা
লাকখিনি মুমিৎ লৈতবনি নোংঙান্দবা।
মীমুরেম্বীগী মখৌরি ইংরেজী মিন্নুশিং
লৌনম্বা লাংনা উপখিবনি ভারতীশিং
থারনি মিংলান ইন্দিয়া কৌবসে।
লৌদা হিদাক ঈশিংদা হিদাক,
ঙাশিরে কাকশিরে ঙা-চাবদা কাক্
কাকনা পোক্লে ভোটর এজেন্ট ওইনা
থৌলম্নু খোংলোই নংগী থৌনবা হোনবদা,
শেল চঙ্খ্রে শেল চা-নরে,
গুরুনা হাঙৈ তোকলো ইচাশা।
ভোট ভোট অনি থমউ থম্ফমশিংদা
অমদা তরা তরা থোকনি অশেংবা
থৌহন্‌গমু কাক অমুক হন্না
ইনুং-শোরা তৈরে নোংপোক্তা ঙান্লে
হোগৎলো পারিশা থোল্লু সনাফীগে
পলেম ভারত মুংশিবী কৌনবা
জয় ভারত।

শ্রীভাগ্য য়েংখোইবা



## মালেমদা মীওই লাইওইবা

ভারতকী থমোই' অতিয়াদা তোমথিন তোমথিন ঙাল্লকপা
থরান পরেং মরক্তা ওন্থোইরম্বা অথোইবা ভারতকী ভাগ্যবিধাতা
অরাবনা পন্দোললোমদুনা অমংগী য়ায়থোঙকূম্বরা ?
সুংঙাইবনা লুতোন য়ৌদুনা লাইরৈবাকপু তানবরা ?
নমু পূন্সীগী পম্মংদা মালেমগী রাখল কোক্ত থোং
মহাবিদাইগী মতমদা শান্তি মুক্তিনা থাদকোন
শুল অতিঙাদা তিনথ্রবা হে প্রেমিক অথোইবা।
অহৌ অরোই অনিগী তাইনবা লম্বী অচুম্বা
চীয়া ঙাঙলম্বা তৌদনা থবক্তনা উৎলম্বা
তথাংলবা তাইবঙদা তারবা তাইবঙ মীওইনা
ফংদরিনে তশেংবা নঙগী লম্বী অচুম্বা।

মালেমগী মৈচাক খাঙবদা মরোন মরাং তান্নবী
থৌজালগী মিথয়েং থাবদা অহিং মিৎশেঙ খাঙলবী
অতোল অতাং খিবিকপু মথান্নুংদা কোল্লিবী
শান্তি' মূর্ত্তি ওইরবী ভারত কৌবী সতীগী
তাঙনা ফংজবা মপারি থমোইগী লম্নী নহাক্তি।
কোলোয় মিংলেন মোহনদাস করমচান্দ গান্ধী থোঙবা।
অনৌবা যুগকী তোর্ব্বান্দা অনৌবা ভারতকী ফম্বালদা
একতাগী চুম্নী পায়জবা নহাক্তনীনে লুচিংবা।!!

মচা কয়া কায়নবগী হুংনাঙ্ নরম্বী ভারতনী!
নঙনা ইনৌ নোহোনা ইঙ্ হনবীরম্নবনী।
অহিংগীনা থাবু ওই মুংথিলগীনা তুমিৎ ওই
চেৎনা চান্না মুংশিনা থাগোঞ্জরম্নবনী।
শান্তি' ঈখৌ লাংলবা ভারত বাসিশিংনসূ
থৌজাল' লাঈজ ঙাইদুনা পুক্নীং য়াকাইরবনী।
অদুগা অমুক নোহোনা থাদোক্লম্লে নহাক্না।!!

ভারতকী মীপুম খুদিঙদা পুকমেন পাওমেনগী মহুত্তা
রাখল পাঙ্গল লৌশিং থোনা থোয়জেল লিংজেল তিন্নবা
খাঙবা কনবা হন্দবা অচুম্বতা তানঙম্বা
পুক্নীং হকচাং লোয়ননা চপয়ুংনা চঙঙম্বা
থৌজানগী থৌরীনা পুন্নপা চেজেৎ চেৎনা পুন্নগা
থবক্না উৎলম উৎলম্না থরায়গা থাগোম্নখিবা
তাইবঙ মালং পানবদা লৈরম্নরোই নঙগুম্বা!!

মখৌ থৌদাং য়েংনা য়েংনা থিনরক্নি তাইবঙনা
পায়মা পাওমেন পীরম্বা খঙনরক্নি হৌজিক্তা।
"ইশা নশা মশাগী থম্মোইদতা হঙ্গিম্না,
কংগনিংঙ্ঘ থিরগা তান্নরিবা অচুম্বা।"

মালেম' মীয়াম ময়াম্বা মমুং মপাল অমিদা
লোয়া কোয়া য়েংবদা তোপ তোপ তোয়রিন তারবা
নঙগী পুন্সী অচুম্বা অচান-মীয়ায় নাইদবা
য়েক্লয়ে তশেং তশেংনা নীংথিং থম্মোই' লকাদা
লোইদাম কুইর কুইরগা ময়েক্লাবা হেল্লকপা ॥
অহিংসা আন্দোলনগী নোংলৈ ফুংনীং ময়ক্তা
হাইনা হন্না খাঙলক্লবা পামেলনীনে তেক্লবা।
সত্য প্রেমগী ঈহৌরকপা ঈথক ইপোম ঈয়োয়না—
কঙাওননা তাউরক্লবা কাওনীং কাওরাং ওইদুনা
মিৎকুপ কয়া পুংজা কয়া কোরৌ শীংবুম কয়া কয়া
লোইদাম খাজ খাগীং কয়া কুমজা কুমওন ময়োল ময়োল
লান্দবগী লাজঙদা লুচিংবা লাম্মী ওইদুনা—
গণতন্ত্রগী দমক্তা নশা কখোক কখোয়া
নীংহম্বা নৈতনা পুক্নীং হকচাং লেপ্লকপা!
ময়াম্মকী ওইদুনা সত্য প্রেমদা লুপ্তুনা
রাম রাজ্যদা চঙলপা ভাগবত গীতা পারকপা!
জাতি ধর্ম কয়াদা খেন্নবা খিবাক থায়দনা
মীওইবগী সমাজদা মনুংহন্না লৈরিবা
অচুম্বতা থিনা থিনা য়াইবী থবায় কৎখিবা।
সত্য শান্তি ভক্তি মুক্তি থাজবা থম্মোই' নঙগী শক্তি ॥
নশাগী ওইজবা য়াওদনা ময়ামগী কনবত্তা থনখিবা
মালেম শীনবা থুংনবা নঙাল নশেক চাইরম্বা
অহিংসা নিতিগী থুৎলাইতনা হিংসাবু জয় তৌওমখিবা
নঙতনীনে হে! মহাত্মা! গান্ধী কোলোয় মিংগৌরবা ॥
ঐগী নঙগী মাগী মাগী মহৈ মহৈ ময়াম্মকী
মমুং মপানগী মক্লবা মরী নঙতগীনি থম্মোই' থৌরী।

লায়রুরবা অতিংবা শাঙথ মন্নুং মপাল মাম্নবা লৈচঙ
খঙনা খঙনা উনা উনা খঙঙম উঙম তৌঙমত্রবা !
চন্না চন্না পুন্সী লেনবা রাংনা রাংনা রাখল লৈবা
মসি সুনী খেন্নরিবা গান্ধী নঙগা মীগা মীগা !
হে ! ভারতকী কর্ম্ম যোগী জ্ঞান যোগী মহাত্মা !
নঙগী পুন্সী নঙগী নিতি নঙগী অনিঙবা অচুম্বনী !!

সত্যগী দৃতপু ওইরদুনা দিগ্বিজয় ঙম্লদুনা
মালেমগী ময়োল মনুংদা অহিংসাগী লৈকোল শেল্লম্বা !
পুক্লীংগী পনয়া পনয়াদা সত্যগী লৈরাং থারম্বা !
তাইবঙ পনবাল ফাওদোক্লা মুংশি লৈনম য়েল্লম্বা !
প্রেমগী লৈহী খোয়থুম্বা মীপুমতিংনা থীক্লম্বা
নঙনা নোংমম্নখিবা নীংঙমহৌদে মালেম্না !!

নরোন্দোমগী য়াইফবনী লাইরমলেন্দা তিনখিবনী !
মনুংগী লমদম পাংনা পাংনা থম্মোইগী থম্মোই থিখিবনী !!

লোম্নাইদ্রবা মতমগী খম্নাইদ্রবা তোর্ব্বান্দা—
ইতিহাসগী লেঙদ্রবা অমর পামেল চারগা—
থারম্লগা নহাক্না অরোইবা পুংফম খেনফমদা
মালেমগী মায়থোং ময়াদা বিদাইগী য়ুখল থাদখ্রে !
বাল গঙ্গাধর তিলোক দাদা ভাই নৌরজী
গোপাল কৃষ্ণ গোখলে নেতাজী সুবাস চন্দ্রবোস
প্রফুল্ল চাকির ক্ষুদিরাম চিত্তরঞ্জন ভগৎসিং—
শহীদ লৌশীং লৌশীংগী শেংলবা আত্মা ময়াম্না
সত্যগী শয্যা শেম্নদুনা শান্তিগী য়াহীপ ভানখরে।
শহীদশিংগী শেংলবা স্বার্থত্যাগকী ঈরাগা
সতী কয়া কয়াগী বলিদানগী ঈখেংগা—
সত্য প্রেমগী ঈরাদা মপুক্লীং হকচাং শেংলখা

লোম্নাইত্রবা নহাকী পুন্সীগী পম্বং' পরিংদা—
ঙমখৈ নাইবা নমুনা পাংজরুবা ঙম্নরোই— !
মালেম নৈমগী মতারোয় মহৌশা কোবী লাইরেম্বী
মশিনশাংবু কায়ত্রবী লোন্তোক্তবী মুজানা—
মীচীক মীখোল ব্রাংমদা তৃমিন তৃমিন য়েংদুনা—
নঙগী অহৌ অরোইবা রাখলগী ঈচেল অরূবা
তাইবঙ কনা উদনা অচীকপদা চাইথবা—
মালংবনা লিরিনা লোইরোয় লোইরোয় হুমদুনা—
অহিং হুংথিল নাইদনা যেল্লি তাইবঙ মালেমদা !
ঈঙৌ তুরেল ময়াম্না মায়কৈ ফাংনা চেন্দুনা
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট দ্রাবীড় বঙ্গ মারাঠা
বিন্ধ্য-প্রদেশ হিমাচল শীনবা থুংনা য়োদুনা—
অতং অথম নৈতনা ঙংলি পাউনিল লাংদুনা !!

গঙ্গা যমুনা গোমতী গদাবরী কাবেরী -
কৃষ্ণা সিন্ধু ঘর্গরা সুপ্রা সরযু নর্ম্মদা
ব্রহ্মপুত্র জাহ্নবী ভাগিরথী ঈরেলনা -
নঙগী প্রেমগা ঈরোয়না ঈথক-ইপোম হৌদুনা
তারং মহাসাগরদা তরঙ্ মালঙ্ ওইদুনা—
অরোই অথম নৈতনা হৈথরি পুন্না লেপ্তুনা !!
বিন্ধ্য পর্ব্বত হিমালয় গৌরী শংকর গোসাইথান -
লোইবী চীংজাউ ময়াম্না মতু মমান চুংদুনা
নীংতম সুমিৎ থোকপদা পুরীং' পোম্বী য়াকাইনা
নোংমদোল কোয়রেল তমদুনা তুম্বক তুম্বক লেপ্লিদা !!
ইনাক খুনবা লায়রবা অচৌ অশাং অকনবা
নুপী অঙাং অশোনবা অহল লমন লোইনবা
অপাঙ অশিং খায়দনা নীংজৈ নঙবু হুংশিনা !

ভারত কৌবী পল্লেমগী খোয়দাঙবা মপারি
মালেম' মীমাঙ থাবদা লেমজরবা নহারুী।
ফনা খাঙবা কঞবী রাশক চেৎপী ভারতনী।
লাইনীং পরৈ চেংলবা যোগী ঋষিগী মমানী।
সাধু কয়া কাগনখি শহীদ কোঙ্গায় শেৎনখি।
সতী কয়া বীর কয়া কবি কয়া খাইনখি।
অসূক রানা খাঙখিদে শম্ হকশোক লাংখিদে।
অন্ধকূপকী হত্যাদা মায়থোং থম্বাল মকখিদে।
সতী দাহ যজ্ঞদা অস্তুম চৌনা কপখিদে।
নঙনা বিদাই লৌখিবা নুমিত্তগী হৌদুনা
মহৌশাগী মতৌগুম থম্মোই মকা লামদরে।
মচু মমেন মক্রুবী মায়থোং থম্বাল লকাদো।
তেজবীর্য্য রূপগুণনা লৈবংলম্মী ভারততো!
মপারি মমোম কয়া কয়া মথাঙুংদা কোন্নুনা
লাইবক খেলাং থোংঙুদা বিজয় সিন্দুর নম্বীবা
খোয়রুম যোংমোন মীনোক্রা থৌজানগী মিৎয়েং তাবীবা
ওইখিদ্রে! ওংনি য়ে! হান্নগী ভারত ওইখিদ্রে॥

ভক্ত সাধু সন্ন্যাসী যোগী ঋষি তপস্বী
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর শিব দূর্গা পোক্লিবী!
ঋগ যজু সাম অথর্ব বেদ মরি লোয়নবী।
ভাগবত গীতা উপনিষদ বেদ পুরাণ খঙলবী।
গীতি কাব্য রস কাব্য কানা কয়ানা শৈরাংবী।
শান্ত দাস্য বাৎসল্য বীর করুণ ভয়ানক
অদ্ভুত হাস্য শৃঙ্গার বীভৎস রসনা তিল্লিবী
ভারত কৌবী সত্যগী শংলবা থম্মোই' থম্বালগী
থুম্নবা লৈহী লৈনমদী মহাত্মা গান্ধী নহারুী॥

নঙগী তশেং ঙশেংবা মীওইবনা থঙনরবা—
অহিংসা সত্য শান্তি প্রেমনা মন্ত্র ওইদুনা—
"মীপাইরবা মীওইদা তপথহনবা পীবিবা!
য়ারবা নমু তাইবঙদা সুংঙাইবা শরুক থুংবীবা!
কঙাওনরবা কাঙবুদা পুক্লীং লৌশিং পীনবা!
শোন্থরবা মীশিংদা পাঙ্গল থৌনা হাপ্লিবা।
মীগা মীগা মান্নবা ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতবা!
অতোল অতাং অমাংবা অচৌ অশাং খায়দবা
জাতি ভেদ লৈতনা লোইনা পুমচিন তিন্নবা!
থবক থৌরম খুদিংমক তৌনবা য়াবা ঙম্মক।
মীগীতা ফনবা মখনবা নশাগী ওইজবা থাদোকপা!
য়েন্নবশিংবুস্থ সুংশিবা লাইবু লুনা থাজবা"
মসীতনী নহাক্কী নীতি মসীতনী নহাক্কী ভক্তি
লাইনীং লাইশোল শক্তি মুক্তি!!
পায়মা পাওমেল পীবিরম্বা শেংলবা লাইরা শোনবীরম্বা!
"ইশাগী নশাগী মশাগী মনুংদা
হঙ্গিম্মা থিরগা ফংগনি অচুম্বা"!
কাউররোই! মাঙলরোই মুৎলরোই তমুক!
মালেম্মা মতম্মা লৈরিঙৈ অহুক!
খাঙঙমদ্রবা অরাবনা থাল্লবা থুপ্লবা নথম্মোই অতিয়াদা
ফংঙমদ্রবা সুংঙাইবা ময়াম্মা মরোল নাইনা কুপথিবা
গান্ধী! গান্ধী! মহাত্মা গান্ধী!
সত্ব গুণনা লৈতেংলবা!
নঙতনী ভারতকী মপারি অথোইবা
নঙতনী মালেমদা মীওই লাইওইবা!!

এস, নদীয়া সিংহ

---

## লুপাগী থাওমৈ

ইজবী—থোইবী দেবী

ভারত নৈমা অপোকপী
পলেম লক্তগী অথোইবী
অকল অথৌ কয়াগী
মুণি ঋষি কয়াগী
পোক্লফম লমদম ওইরিবী
থুরুমজরি হে ইমা; নখুমাদা।
ঙসি কোরৌ হুমিৎলসে
ইমা নঙনা নিঙ তম্বগী
কুমজা কুমওন কুনমঙা শুবা
ভারত জাতি ঐখোয়গী
হরাও তয়ামজবা সুমিৎনি।
থরান মৈরা পঙ্গরেংনা
তগুপ তরেং ঙানবগুম
লুপাগী থাউমৈ পরেংনা

ঙাল্লবি ঙসিদি মচি ময়া খুদিংদা
কোক্লরনি ভায়তকী অমম্বা রাখল অপুম্বা
চহী কুমজা কয়া চুপ্পা
নৌরবী ইমাগী খুজেংদা
কল্লবা য়োৎহ্নিলং থাং
ওৎ নৈবা কয়া খাঙ
মীখা পোম্মা লেঞ্জরক্লবী
অখাঙ কনবী ইমানি।
ভারতবাসীশিংগী থম্মোয়দা নৌদুনতা লৈরিবা
জালিয়ানালাবাকী তমথীরবা থৌদোক
ঈঙাং পাক্তক্লরবা ইমু পায়ফেম্নরবা
মতম অদুদা,
উপায় লৈজদ্রবী ইমা নঙনা
কনবদি ঙমজদ, নচাগী অরাবা য়েংদুনা
মিৎলুদা পিরাংনা শীনখিবা
খা চিক্তুনা খাঙখিবা
কাউজদ্রি নচাশিংনা ঙসিস্থু।
খুদিরাম ভগতসিং টিকেন্দ্রজিৎ
নোক্লা নোক্লা ফাঁসি সগাই কাখিবা
কনাই মশুং লাংগীনো
ইমা নশুং লাংগী নত্তবরনে!
মরৈষাক নিঙজবা মজাতি হুংশিজবগু
অচৌবা মরাল লঙজরনি খন্দুনা
মীহাৎ থীনা হাৎখিবা করম্নবু কাউসিগে।
ইমাগী মীনাই য়োৎহ্নিলঙ থৎপদা
য়োৎকী পাম্মোম পাল্লবা

মথৌনা মরোম্শিং লৈরবা
পাঙনবা অথৌবা কয়াবু
কাউজদ্রি ঐখোয়না ঙসিসু।
ভারত থাদোকউ হায়বা খোল্লাউনা
পৃথ্বী থক থক নিকহনখিবা
হুমিৎ তাবা লৈত্রবা বৃটিশ সম্রাজ্যগী মুমিৎপু
খুৎলায়গী মতেং য়াওদনা
ইরায় লায়না তাহনখিবা
নহাক নত্ত্রনে জাতিগী পম্ভৌ অথৌবা।
জাতিগী নিঙতম ফিরালগা
মুংশিরবা থরায়গা শিন্নখিবা
হে ভারতকী সহীদশা!
কচ্চরি নখুয়াদা শ্রদ্ধাঞ্জলী।
নখোয়না থাবিরম্বা আদর্শগী
মাংলবা কৈরাক্তা কাখৎলি
নখোয়না থোল্লম্বা লম্বীদা
চৎলি ঐখোয়না ঙসি।
হে অথৌবা! পুন্সিগী লময়ানবশা!
চিংনগনু করিসু,
নখোয়না তাক্লম্বা পুন্সিগী লম্বী—
অনৌবা সমাজ অমা শাগৎপগী মায়কৈদা
ঐখোয় পুন্নমক চঙমিন্নরনি
খোঙথাং অমতদা পুকচেল অমতদা
তৎহল্লোই কদোম্নুং,
নখোয়না লেংলম্বা লিক্লাং পরেং।
ঙসিদি ভারতবাসী ঐখোয়গী

ইশাগী ওইরবা ভারতনি
ঐখোয়গী ইরৈবাকপু ঐখোয়না শেমজবগী থৌজা
ঐখোয় পুম্বদা লৈজরবনি
কনাগী মপাল তাংদনা
হিংবা ঙমজরবা ঐখোয়নি।
ঐখোয়না শেমজবা সম্বিধান্না
পীবিরে ঐখোয়দা মান্নবা অধিকার
তাংবন্দা কন্বা রায়েনবা
লৌবুক্তা কৃম্বা লৌ-উবা
শিন-শঙদা চঙবা শিনশূবা
ঙসি ওইরে পুম্নমক
মান্নবা অধিকারগী মপু।

মীপুম খুদিং মান্নবা
অনৌবা সমাজ অমা শেম্বা
ঐখোয় পুম্নমক্কী ইথৌনি
ইমাগী য়াইফনবা খনবনা
ঐখোয় খুদিংগী থৌদাংনি।

অচৌ পিশক নাইদবা
লায়রবা অনং খায়দবা
অনৌবা সমাজবাদকী-লম্বীদা
চঙশিন্নরি নোংমা নোংমগী।

পৃথ্বীগী চাওখৎ খোঙথাংদা
ইমানা শোৎথহৌরে হায়বগী
য়াবিরুরগনু অমুক হন্না
লচা লক্ষ কোটিনা
মীগা মীমান্নবা হোৎনজরি পলেম-ও।

অনৌবা যুগকী য়াওন্দা
ভারতকী লৌবুক খুদিংদা
থম্লরনি অশংবা হানৌ মপৈনা
ভারতকী শিন-শঙ খুদিংদা
পৈররনি ইস্পাটকী পোৎথোক্লা।
শান্তি পামজবা ভারতনা
ওইরি ঙসি শান্তিগী লুচিংবা
হোৎনরি তাইশিন্নবা পৃথ্বীগী মাথোক পৃথা
শান্তি ওইবা পান্থৈনা।
মতম পুম্বগী ওইনা লেপ্লি ভারতনা
শান্তি অমসুং চাওখৎপগীদমক।
মাখিরগমু ইমা অমুক হন্না
নচা কোটি কয়ানা
ইমা নঙগী য়াইফবতবু নিংজরি
থরায় থাবা কিদনা
ইমাগী সেবা তৌজবগী
অচেৎপা মাশক লৌজরি
য়াইফরো ইমা য়াইফরো
ইমানা য়াইফবনা ঐথোয় পুম্বগী য়াইফবনি
য়াইফরো ইমা য়াইফরো।

# তৌশিন্নবা তাইবঙনি ঐদি

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

তৌশিন্নবা তাইবঙনি ঐদি সুংঙাইবা মঙলানবু ঙাইরিবা
অওইবা তাইবঙদগী য়াম্না থাপ্না
অরাবগী নাহেখোন তানীংদবনা।
অয়ুক্কী চেক্লানা য়োঁদবা অথূপ্পা লৈয়োল মখাদা
যুগ কয়া চুপ্পা লৈরক্লবা শরু মচেৎকী তেংথাখোল্না
পেৎহল্লনবা ঙমদ্রবা থম্মোইনি ঐদি,
কংলবা লৈকংনি সুংশিখঙদবা—
অকেনবা কদম্না চাইরিবা অশংবা নাপীনা শংলবা
পুন্নীং হূরবা কুয়োম্না কূপ্লিবা।

কপথিদো অচুম্বৈ থবাম্মিচাক্না অমম্বগী থম্মোই কায়না
কৌরকপদা মায়াগী শজীনা
শুন্নবা পঞ্চবটী উমংদা

খুম্মোই শোক্রবা খোঞেম্না 'লক্ষ্মণ ঝঙ্কার' বায়না।
তৌশিন্নবা তাইবঙনি ঐদি অচুম্বা অইবঙবু বাহনবা,
তৌশিন্নবা পাখৌনি ঐদি শিখণ্ডী মাঙলা থমচনা।
ভীষ্ম কয়াগা লান্থেংনরিবা
অনীংবা পম্মুংদি মায়খুম্না খুম
মীয়ামগী মাইক জয় লাউশিন্নরিবা।

তৌশিন্নবা খোঞেম্নি ঐদি ঈশৈ লৈতবা থম্মোইদৈ খোরকপা
সামবেদগী শৈরোল শকচিন্নরা
নাপলচেন্নবা নাস্তিকী খোঞেম্নি ঐদি—
ঋষিগী লাইনীংকোন্দগী লাউরকপা 'শান্তম্ শিবম্ অদ্বৈতম্'
লাইনীং-খোঞেনবু নক্কৎপা
তৌশিন্নবনি ঐদি তৌশিন্নবনি তৌশিন্নবগী পাউখুম পীনবা –
থাজরুম্নু নুরা অপঙবী!
হায়জসনু কনা শাহজাহান শাদুনা 'নঙদি ঐগী মমতাজনি,'
তারুম্নু শানৌ মীনম্বনি
মমতাজ-শাবী নুরাগী লৌনম-থম্মোইগী লমন্ খুম্বনি,
তৌশিন্নবা খম্বনি ঐদি তৌশিন্নবী নুরা খোইনীগী।

লেংলিদো খুৎহৈবা কনানা মশীংনাইত্রবা ফৌগ্রবা কুম্নাং কয়া
তাইবং মঙলান অনীগী ওইদবা লৈপুন-পরেং!
অরিবগী অরোইবা মুমিৎসিদা
অরা-মুংঙাইগী চায়নপুন্দা
তাইবঙ ঐগা মঙলান নঙগা মুংশিন্না চীঞোরদুনা
কম্মিরুসি ইরানী
ভাইদুনা লৈরিয়া মঙমতন্না মচুম্বা-তাইবঙ অমনা

ওসিদগী শতাব্দী কয়াকাওবা থঙ্গৎনা য়েংবদা তারিবা খোঞ্জেনসে
শতাব্দী কয়াগী মতুংদগী
তাখিগনি হোংবা লৈতনা অহন ওইবা নাইদবা
পাথংমচা ওইরিবৈগী বসন্ত মচুনা শঙলবা
ঈহৌ পৃথমকা লোয়ননা,
ওইদবা থারীগী পাথৌনা নিংথৌগী মচানুপীবু
হিংচাবী চাত্তরেৎকী খুঙ্গঙদা সনাগী চৈশূনা শোক্নুনা
হিঙ্গৎহনবগা লোয়ননা,
লায়রু-ঈনাকখুনবা কয়াগী অরা-মুংঙাই মরক্তা
তাখিগনি খোঞ্জেন্দো
হৌদোঙলম্বোইবনা হংবদা
'অয়োয়ো ইবুঙো অয়োয়ো ইবুঙো' তনিক তনিক খুমজবা
কৈথা পোল্লবা পেবেৎনা।

ঐদি থেংবান পুম্বা য়োংপা ঙম্বা পামশিন্নদবা অপাকনি
পেনবা নাইত্রবা থনবা হৈত্রবা
লৌনথদা লময়ৌবা অশোনববু য়োৎঙম্বা য়ায়তোঙলবা
পাজনবা
'ফৌ শঙবায় অথনবা ঙারীপরেং অচুম্বা
ঈশিং পুন অথনবা থারকী তন্নান অঙাঙবা'
হৌদোঙলম্বোইবগী খুভম্বু মিহৌজরবা ঐহাক্নি
লৌনম চাউরবা পূকচেলথোয়রবা।

কৌথরে যুগ কয়া মতমগী কাংখোঙনা লেপ্পনা লয়রবদা
লোইবনাইদবা লমশাঙ শীৎনা,
উৎথ্রে শক্লোল কয়াম্বু তাইবঙ ঐগী য়াওন কয়াদা—
অত্নবু হোংবা নাইদে ভৌশিন্নবা থম্মোইদি।

তকথায়বিরো ঐবু তকথায়বিরো মুংশিহৈতনা তকথায়বিরো
মতম নঙগী কাংখোঙ মথাদা
খোক্লিকাওবা ঐগী অরোইবা ঈ মরীক
অচুম্বা তাইবঙ অমগী অশেংবা লাইনীং অমদা।

লাল্লো অরিবগী অরোইবা মুমিৎসিদা তাইবঙ ঐগা মঙলান নঙগা
চুক্লরসি ইবানীগী লৈপুনপরেং
ওক্লরসি অনৌবা তাইবঙ অমা
মপুংফারবা অওইবা ফজবা তাইবঙ।
চৎলসি মঙলান চৎলসি অরাবগী নাহেখোন মরক্তা
চাকনিবনা ওয়োইনা কপ্লিবা
লম্বীগী উফুল মথক্তা,
তারুরসি নীংবকায়বশিংগী ফুইনা হোল্লিবা মুংশামগী,
শিম্বিরুসি পিরাং মরীক খরদং লৈখা-তারবশিংগী চাক্লবা থম্মোইদা—
চৎলসি মঙলান চৎলসি
অনৌবা তাইবঙগী লাইনীংদা অরোইবা ঈ মরীক পুম্না।

নৈথায়ররসনু শেগায়ররসনু তকথায়ররসনু থুগায়ররসনু
লুপ্লসনু লোইরসনু ভৌশিন্নবা থম্মোই
অরিবগী অরোইবা মুমিৎসিদা—
লাক্লসনু অনৌবা অয়ুক অমা অশেংবা থম্মোই পুম্না,
চেল্লসনু শিংলী খুদিঙদা
খৌজাল-মহী পুরবী যমুনা-জাহ্নবী,
শক্লসনু অয়ুকী চেক্লানা তাইবঙ-থম্মোই ঈহৌনা
শান্তম্ শিবম্ অদ্বৈতম্
ওঁ শান্তম্ শিবম্ অদ্বৈতম্।

## শক্লোল-সমুদ্র-ঈয়ায়দা

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

মাঙগ্রে ঙসি ঐগী পুক্নীং যৌবনগী বন মনুংদা
অঙাংবা অশংবা অনৌবা অথুম্বনা
লৈহিবা নাইদনা ঈথক হৌরিবা নৌনা নৌনা হোংনা হোংনা।
মাঙগ্রে ঐগী মীৎ অনী শক্লোল-সমুদ্র-ঈয়ায়দা
সুংঙাইবা হুংশিবা ফজবনা ঈরাঙ হৌরিবা
শন্নাইদবা খোঞ্জেল্ন: ভত্তনা মশক তাক্লিবা।
শক্তী সমুদ্রদা লম্মাঙনবা—অসিতনি যৌবন-শিল্পীনা পামজরিবা
শক্লোল অমদগী শক্লোল অমদা
ফজবা অমদগী ফজবা অমদা
অনৌবা অমদগী অনৌবা অমদা
পন্থুং নাইদনা চৎপা খোঙচৎ—শক্তী মন্নাইদা শুন্নত্তুনা।
পীনহৈবা লৈশেম্বগী লোইবনাইদবা খুদোন—
ঋতুগী শাথেক খোঞ্জেলগী ঈথক
অসিতনি শক্তী শিল্পীনা পামজরিবা
লোইবনাইদবা খুদোন লোইবনাইদবা শক্লোল
ফজবগী বীণাদগী চিংথোরকপা বিশ্বকাব্যগী শৈরোল।

খঙদসমু নৈশেম্বা মাবুদি উদসমু শিল্পী মহাক্তি
নৈসমু থূপ্না পীনবিরবদি মহাকী খুৎশেম
মপান্নাইত্রবা মহাকী শিল্প।

শকী-সমুদ্র-ঈয়ায়সিদা উরিদো ঙসি
মীওইব সমাজগী শাগোম্ ংদা—
শৃঙ্গার-মহাবীর মুংশি-হুংওনগী পাথৌরেল কয়া
জাতিগী পাঙ্গলবু তোংজি থাত্ননা চুপথোকপা ঙম্বা
মতমগী পাথৌরেল-যুগকী ফীরাল পায়বা।
অমুকসু উরি খূমন্ খম্বা মশুংলাংগী
কবোরাই হৌগনবী য়াঙ্গোইতোংবী বীরাঙ্গনা কয়া—
নোংবান-শাবা খম্বা শাবা শন্দ্রেম্বী চৈত্রা লেভী য়োরুরেথ
মুপীগী ঈকায়খুম্নবা ঙাকপা পাথৌ ·াইটু
মুপীগী ঈকায়খুম্নবা হাৎপা পাথৌ-হিংচারেল—
মধুকৈটভ মহিষাসুর চণ্ডমুণ্ড রক্তবীজ
হাৎপা নৈতে শক্লোল-সমুদ্রসিদা।
পাম্বোম তরা পানবী মহাশক্তিদি
কুম্নাং অমদা অমুক্তং লাক্লম্মী মর্তদা—
হাৎপিরমদে চণ্ডমুণ্ড মাঙহল্লমদে রক্তবীজ,
নৈরি হৌজিকসু মশীং নাইদনা মধুকৈটভ মহিষাসুর—
ধ্বিরম্মী চাইদ্রুনা মমৈপানবা নুপা
মকোইহৌবী নুপী তংখায়শিবা নুপা অমোম্ন
লম্বীদা লীলা থোকপী নুপীলাবা।

অমুকসু উরি নৈশক খঙদব সাহিত্যমালী—
নত্তবা নৈপাল থাজিন্দুনা সাহিত্যনৈকোল্ য়াংথোক্লিবা
পুংলোল হৈতনা জগোয় শাবা অঙকপা কুম্মৈ।

গণতন্ত্রগী অকনবা শক্তম্না ভোটকী পাশ্বে শীজিন্নদুনা
শৈরেংগী ফক্ফমদা ব্রারেংবু পুশিল্লক্লিবা
কবিতা-নত্তবা কবিতাগী পুজারীশিং
সনাতনপন্থী ছন্দপুজারীশিংগা খুদুম চাংনরিবা—
অওইবগী লানবন থুগায়নবা নত্তবগী লান্মীনা চণ্ডশিল্লক্লিবা—
অঙকপা লানকম!
অমুকস্থু উরি তত্ত্বগী দর্শনগী রাজনীতিগী চক্রিদা
পুন্সিবু তকখায়রগা
বিজ্ঞানগী চাংয়েংশঙদা অথুম্বা মহাও শুংলিবা—
বিচারগী মরৈনা
অচুম্বগা চুমদবগা রায়েলশঙদা চায়নহাল্লিবা—
অঙকপা কূম্মৈনি শক্কী-সমুদ্র-ঈয়ায়সিদা!

পুন্সিগী শিল্লীনা পামজরিবদি
তত্ত্ব নত্তে দর্শন নত্তে রাজনীতিগী শক্তি নত্তে—
মরৈ নত্তে বিচার নত্তে বিজ্ঞানগী অঙকপা খুৎশেম নত্তে—
লৈশেম পুন্নমক্কী মরক্তা অথুম্বা মরী অমা—
অসিত্তনি পামজরিবা পুন্সিনা সমাজনা।
লৈতসমু তত্ত্ব লৈতসমু দর্শন
লৈতসমু রাজনীতি লৈতসমু বিজ্ঞান,
মুৎথিসমু মুৎথিবমথৈ—লৈহৌসমু অথুম্বা মরী অমতং
পুন্নমক্কী মরক্তা শক্কী-সমুদ্র-ঈয়ায়সিদা—
মনবা নাইত্রবা যৌবনগী ঈথক ঈহৌ
অনৌ অনৌবা ফজবা লোইবনাইদব পাঙ্গল
মপান্নাইদবা শুংশিবা
মতমগী শৈথাঙ শৈথাঙদা পীদুনা।

---

# অঙকপা লমজেল

রাঃ কুঃ ঝলজিৎ সিংহ

নোংমা

লেপখি ঐনা য়াম্না য়াংনা
মতমগী চীংমায় অমদা ;
য়েংথরম্মি য়াখল তৌনা
মখাদা চৎলিবা লম্বীদা।

কালগী লম্বী অপাকপা
অকূৎ অতোং লম্বীনি ;
ঙম্না কিবা অকিবা
থেরা খোয়না চৎপনি।

চীংমায় থম্না খোঙ্হাংখি
শাবা জগোঈ মহাকাল
ঝন ঝম্না নিরমসি
তাল তালদা রুদ্র তাল।

জাতি ময়াম লখা লখা
অচৌ পিশক কয়ানি;
চেনখৎলকই কয়া কয়া
লমজেন্দুদা কালগী লম্বী।

থেংজিন্নরে থেঙ্গাইনৈ
জাতি ময়াম পুন্নমক
অঙম অঙম হাপ্তোক্লে
ওস্থোকপগী দৃশ্যনি।

তিনখ্রে লাল্লাউ মরক্তা
ঋায়ম লৌথী মীয়াউথোন
তিনখরেনে ঈগী তুরেন্দা
শিন্থয়কপা পিগী ঈচেল।

কায়রুবনা লম্বীগী নিয়ম
তুমখ্রেদো জাতি অয়াম্বা;
য়াওরাংখাইনে অমুক হন্না
লমজেন তান্নবা কালগী লম্বীদা।

অদুবু চেনখৎলি অমদি মথং মথং
পাইদুনা ফিরাল মচু অহুম।
কনানো, কনানো মহাক্তু চেল্লিবা?
শোয়দ্রে মানি ভারতনি।

লেল্লুরে ভারত্তি মতম কয়া
মীগী মীখা পোন্দুনা;
লৈরুয়েনে তুদুনা
অচোপ্পা কয়া মংদুনা।

তরামাপন লোইরকপা শতাব্দী
কুমদি লাক্লিঙৈ
নৌনা ভারত য়াকাইখি
অমম অঙান শিন্নঙৈ ।

ভারত অমুক ঈহৌরে
সত্যগী লীচিং মথাদা
মীনাই য়োৎক্লিং কেনখরে
প্রেমগী ঈহৌ শাকপদা ।

ওইরসনু ভারতকী জয় ।
চৎলসনু মতম কুইনা
সত্যতাগী লম্বীদা
মচু অহুম ফিরালগা

সমুদ্রগী ঈথক লীশিংনা
চীংগী চীংদোন লথানা
শক্লসনু মুঙাইবা ঈশৈ
তাসি মুঙাইবা মুমিত্তা ।

শক্লসনু চেক্লানা শক্লসনু পোক্নীনা
শক্লসনু ফুরেম্না পামেল উপাল খুন্দিংনা
জয় ভারতকী জয়
জয় ভারতকী জয় ।

# নুমিৎ অদু ঙসিনি

নীলবীর শাস্ত্রী

চহী-কুমজা কয়াগী চেৎলে মীনাই য়োম্লিং
মীয়ৈবাক মীজাত্তিগী তমথিরবা কয়াগার
চোইজাইনবা শয়াং ওই মজুনবা চয়ৈ শেৎ
খুদাং পীকম তৈদনা অবা মৈশা লাংখিবা।

নুমিৎ অদু ঙসিনি ইমা নংগী নিং-তম্বা
শতাব্দীদি কয়াগী মীনাই য়োম্লিং থৎখিবা
ভারত স্বাধীনতাগী মংপোক নুমিৎ ঙসিনি
ভারত বাসী ঐখোয়গী অথোইবদি পর্বদিন।

হয়াও ঈথক হৌদুনা ককচাওনরবা নচাশিং
জয়গী ফিরাল পায়দুনা পলেম কোলোই শকুনা
মায়কৈ তরা িনখিবা কোয়ৌ নোংদোল শিনখিবা
পৃথী পুম্বা ভুজুংখি জয়গী খোঞ্জেল তাবদা।

লৈত লায়র কয়ানি লৌমী শিনমী কাংলুপনি
ঈহৌরকখি প্রজাশিং কোটি কোটি খুজিং ওই
কাওখি ঐখোয় পুম্বনা নিংতম লালগী চোকথবা
সাম্রাজ্যবাদকী ওৎ-নৈবা য়েক্রবগী চৈফুবু।

উষা কৌবী লাইরেম্বী লাইবক সিন্দুর লৈতেংনা
ঙাংঙ্রানবা চরৈ শেৎ অমৃত চফু পায়দুনা
হৈথখি কোকথক্তা অভিষেককী মতমদা
ইমা ভারত লৈমও। হুমিৎ অদু ঙসিনি।

দিল্লী লমদি লমহুংশি মালেম সনা লৈময়োল
সনা তাংবল মথক্তা পলেম নংনা ঙাম্থোইদৈ
শীঙেল লৈরাং খুজোক্তা খুয়া থম্বাল থুমখিবা
অয়ুক মালং ঈপোমদা পোম্বীনা নগুণ শকখিবা।

মাতৃ-মুক্তি যজ্ঞদা মশাবু হোম পীখিবা
নিংতম লালফম ময়াইদা আত্মবলি কৎখিবা
নোংমৈ-শঙ্গিন মাইয়োক্তা পুন্সী পোলোই ভানখিবা
ফাঁসী শগাই মথক্তা লৌনম-থৌরী হুকখিবা।

হুংঙাইবগী সুমিত্তা খুদাং পিক্কম তৈখিদো
পাল্লী নমোম নিংশিংনা ইমা নংদি তেংথাখি
ভারত নিংতম হুমিৎকী মপোক হুমিৎ ঙসিনি
কুম্লাং কুনগা মঙানি কুমসুংশিদি কুমওয়ি।

কুমজা কুমওন কুনমঙা হৌগ্রবদি লমশাংনি
ঙরাংঙগী থৌদোবকুম থম্মোইসুংদা নৌহৌনৈ
হুংশিখিবা সুমিৎনি লকাসুংদা য়েকখিবা
আগষ্ট থাগী থাবুক্তা তরামঙানি চনখদা।

ছরানবনা চুপ্রবা হাওলবদি লমহৈগনি
শেমগৎলি শাগৎলি হাপচিল্লি নচাশিংবা
চহী কুনগমগী থবক্তৌদ লাকংনি
মৈথায়-থিজায় মরক্তা লৈত লায়র লাক্রকনি।

অক্লাবগী মোংলৈদা য়েক্লা থাম্বী মৈরক্তা
ইমা মংগী লিংতবা তেল্লবদি পুঙৌদা
লমজিং মৈমা পাম্বক্লি শান্তিগীদি লম্বীদা
লেপ্পাইদবা খোঙথাংনা চৎলি ইমা নচাশিং।

সুমিৎ অহু ওসিনি ইমা নংগী সুংগাইবা
শতাব্দীদি কয়াগী মীনাই য়োহিলং থৎখিবা
ভারত স্বাধীনতাগী মপোক সুমিৎ ওসিনি
ভারতবাসী ঐথোয়গী অথোইবদি পর্বদিন।



## অমুক্তা য়েংলকখো

নীলবীর শাস্ত্রী

নিং-তম লৈরাং লৈকা ফল্লে
হুণ্ডাই হৈরাং মমি তল্লে
হুণ্ডাইরে হরাউরে ভারত-পুম্বা
চহী কুনমণ্ডাগী লমথুং য়োৌরে।

মৈখায় থিনগায়-পল্লোল কয়া
কল্লক য়েংথি নোংলৈ হুংশিং
লৈভ-লাইর অবা-মৈশা
অদুবু হৌথ্রে কুয়াং কুনমণ্ডা।

ফুকপদি ঙমদ্রি লাইর মপাল
লিংবন্থ ঙমদ্রি হুণ্ডাই মউ
কনানো পোথারিবা তুমিন ফমদুনা
থবকী লালদি হৌজিক্তা হৌগৎলি।

মুক্তি যজ্ঞগী মৈরীতনি মুৎথিবা
ভারত বাসীশিংনা শীং ওই চাকথিবা
ইরৈবাক মচাগী ঈথেঙনা ঘী ওইনা
মৈরিদি চূথি য়েক্লা নো মৈ গুলীনা।

চাকথি তুমথি উং ওনথি
সুংশিরবা শাবী শানৌ কয়া কয়া
চোংশিনখি মৈরক্তা নহা অহল খাক্তনা
ভারত ইমাগী মুক্তি মহা যজ্ঞদা।

নোংমৈ-গুলী শঙ্গীন চিন্দোল
নরকুম তমথীবা জেলগী চেকপল
অমুবা লিলগুম্বা ফাঁসীগী থৌরী
তমথিবা মীহাৎ সুংশিহৈতবা চৈফু।

স্বাধীন মণি তানবদা নোংমা ইমা
পুম্নমক খাঙথি পুম্নমক খাঙথি
কৎথি থরাই-হকচাং লৈজবা পুম্বা
হে ভারত লৈমা ইমা নংগীদমক্তা।

পজেং কিরাল থেৎপা পাম্বশা!
তাংবলদা ফমদুনা শাসন দণ্ড পায়নিংলিবা
তুবুম কয়া কেনগ্রবা ইমাগীদমক্তা
ঈরিক কয়া কৎগ্রবা নরৈবাক নজাতিগীদমক্তা।

কাঙবু অমনা সনাগী তাংবলদা ঙাম্থোইরি
কাঙবু অমনা নরকী কোমদা ওম্থোইরি
ভস্তুক য়াম্লা খেন্নরিবা ইমা
নংগী নপারী নমোমশিংগী মরক্তা ঙসি।

বাপূজীগী রাম রাজ্যগী মঙলাল
পৃথীদা স্বর্গ পুথরকপগী অচেৎপা রাশক
শহীদশিংগী মঙলাল মঙফাওনদ্রে ইমা
ঙসিসু থল্লি চাক্লি-ফিনিবশিংনা।

লাইরৈবাক স্বর্গ-লমদমদগী
লৈচিল পোমাই হাংদুনা ঙসি
অমুক্তা য়েংলকখো ভারতকী শহিদশা।
মুংশিরবা নরৈবাক ঙসি করি ওইরিবা।

---

## ঐখোয়

সমরেন্দ্র সিংহ

মৈবুল হৌদুনা কৌরৌহনবনা
চাক্লক্লে ভারতকী অতিয়াদা
ইরাওখোল নিল্লক্লে ভারতমহাসাগর
নোং-মুংশিৎ হৌরক্লে
রাশক অগা তাই মত্রুগী মরক্তা থাপ্না মুংশিনা
জাগ্রতঃ উত্তিষ্ঠতঃ!
লাইরবা ভারত চাত্রবা ভারত
অপঙবা ভারত অতনবা ভারত
মাঙপ্রসমু!
অপীকপা রাখল
অথুবা মিৎয়েং
অশোনবা পুক্নিঙ মাঙখরো মাঙখরো!
অনৌবা ভারত লৌমী শিনমীগী কর্মীগী

অনৌবা জাতি,
অনৌবা মপোক মীওইবগী
হৌগৎলো মীওইবা হৌগৎলো ভারত!
থাজদরে ঐহাক অমম্বদা ওইদবদা ঙসিদি
অশোনবদা অন্ধবিশ্বাসতা
ওইদবা লাইদা
অশোনবা পুক্লিঙদা
য়েংউ চাক্লবা মুংশাদা
নোং-মুংশিৎ মরক্তা
লাঙ্গৈরবা ভারত চাদ্রবা ভারত
নিংতম্বা ভারতনি ঐ.খোয় ঙসিদি
ওঁ দরিদ্রদেব ভবঃ
ওঁ মূর্খদেব ভবঃ
অকনবা ঙৈথক্ত লোঙৈননা
অকনবা ইরৈনা
পুথ্রে তোর্ব্বানগী লৈঙোই মখৈ
মুংচুম মুংজ্রেং চাপ্নং মোংশোং
চুপথ্রে সমুদ্রগী গর্ভ মমুংদা
অপীকপা ৱাখল
অথূবা চিৎয়েং
অশোনবা পুক্লিঙ
অমম্বা ৱাখল
অশিবা লাইরিক
অশিবা বিত্তা
অশিবা ৱাখল
অশিবা লাই
অকনবা মুংশানা চাক্লি

নোং-মু শিৎ শিৎলক্লি
লাকদোরে অকিবা ইচাওদা
মাঙগদোরে লৌবুক কৈথেল সহর খুল্লং
নোক্লক্নে অশিবনা অশোনবনা
চাত্রবা ভারতনা লাইরবা ভারতনা
নোং মুংশিৎনা
চাক্লবা মুংশানা
মরুভূমিনা
অকিবা লাঙ্গৈনানা চাক্তাওবনা
অমম্বনা অপঙবনা অন্ধবিশ্বাসনা
থম্মোই য়াওত্রবা য়েক্লবনা
অচৌবা শক্তিনা ঐখোক্লবু
লাইরবনা চাক তাওবনা অপঙবনা
অশোনবনা অমাং-অশেংনা
শোক্লদবনা শম্নদবনা জাতিভেদনা অন্ধবিশ্বাসনা
অপঙবনা অশোনবনা অচৌবা শক্তিনা
কনানা কনগনি ঐখোয়গী স্বাধীনতা
কোটি য়াংথৈগী স্বাধীনতা
অপঙবদগী অমম্বদগী অশোনবদগী
চাওখৎতবদগী মুংশাদগী মুংশিত্তগী অশিবদগী ।

---

# নীংতম্বা নুমিত্তা

রজনীকান্ত সিংহ

নীংতম্বা নুমিত্তা ভারতকী
নীংতমলি ঙাওরবা রাখলনা।
লমজিংবীনবা লৈত্রবা পুন্সি'সিদা
পুন্সিগী রাহং, কয়া হংলি নহারোল কয়ানা
থিরি মৈরা পায়ত্তুনা ঙসিগী নীংতম নুমিৎ অসিদা
খরনা কপলি, খরনা নোকলি, খরনা চোংলি;
অর্থ থোক্তুবা পুন্সিদা, অর্থ লৈহল্লি অর্থ খঙদনা
নীংতম ফিরালদি পাইরি, রাংনা নোংমদোন খেংনা।
লমজিংবীনবা লৈত্রবা, রারকপীনবা লৈত্রবা,
নচা লক্ষ লিশিংনা লম্মুক্করি মোৎলবা সমাজদা
অমুকন্থু তাগনি নীংতম খোল্লাও হিংননবগীদমক
স্বপনগী হিংনবগীদমক, স্বপনগী হিংনবগীদমক।
সনা, লুপা, ফুরা, দলাল, লৌ, ইংখোল
নত্তে, স্বপ্নগী হিংনবগীদমক, হিংনবগীদমক।

ঐখোয়না তাগনি আদর্শবাদীগী খোঞ্জেল
গান্ধী, নেহরু, সুভাস—
অমুকন্না হঙ্গৎনা য়েংগনি মচু মঙালগী শিদহিদাক।
নিংশিংবা খোঞ্জে হৌজিক্তি, হিংনবগী লাম্ফমদা,
ঐগী মীগী খেন্নবদা—।
রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতিগী,
মীয়ামগী বলিদান, অর্থ য়াওদ্রবা পুন্সি।
অদুবু পাইরি, নীংতম্বা কিরালদি মীওইবগী মঙ্গলগীদমক।
হে জাতিগী কিরাল।
অচুম্বা খঙবদি নহাক্কনি, সভ্যতাগী মঙান্দি নংতনা ওইবনি।
নংদি নচা কোটি লিশিংনা থল্লবা খোঞ্জেম্নি।
খেন্নবা লৈত্রবা জাতি বিজাতি
লাইরবগী, অৎোনবগী, নৈহৎপীরবশিংগী;
নহাক্ক মূর্ত্তিনি ভারতকী, ভারত ইমাগী।
নহাক্ক ভক্তীয়ু অচুম্বা, নুংশিবা, চান্নবা, হিংমিন্নবা
নহাক্ক হুমদোকপিত্রো খেন্নবা সমাজসি
মুখৎপিয়ু মীগা মীগা খেন্নবা।
নহাক্ক পুবীরকউ অকবা পাউজেল ভারতকী অভিয়াদা
নোংগুম্না চুবীরম্মু নুংশিবা, চান্নবা, হিংমিন্নবা
যুগ যুগ খুদিং, নহাকপু ঙাইগনি নচাশিংনা
মঙ্গল ওইনি ভারতনা, মঙ্গল পীনবীয়ু নচাশিংদা।

---

# নিংতম্বা

কে. পদ্মকুমার সিংহ

মী চিকপা শাবল লম্বাংদা চৎলিঙৈ
নোংমদোম্দা পাইবা উচেক্না ঐগী কোক্তোম্দা লাউরকই –
নিংতমদ্রি নিংতমদ্রি, নং নিংতমদ্রি
ম্বাখলগী লায়থুং কোক্তরি ॥
লৈকাদা তোংবা খোয়রাবা খোইমুনা
ঐগী নাপদা ঙংলকই—
তাইবংমী নখোয়দি লোংহুপ্না থুরবা লেমলৈনি
নিংতমদ্রি নিংতমদ্রি, নং নিংতমদ্রি।
পুন্সিগী লৈহি থক্তরি ॥
ম্বাখলগী অনৌবা মচুদা ঐনা উই
অশংবা নাপী মথক্তা ইমাংদা শাম্নরিবা অঙাংশিং
শিবা নাবা লায়রবা পক্তে মখোয়গী মায়খোংদা
ভুংশাগী অশেংবা মঙালদা ঐনা য়েংই

মখোয়গী অশেংবা মশক মিৎকুপ খুদিং নুংঙাইরিবা
অশংবা তিং:থোদগী বাঙখৎলকপা অঙোবা থুয়া
নাপু শাবা মশেক্তা নুংশিৎকী অতপ্পা ঈচেলদা
চেল্লিবা হাইরিবা মখোয়গী হকচাং কায়াৎ
ফনা নুংঙাইজরমই ঐস্যু অঙাং ওইরিবৈ
খর হোল্লি খঙঙমদে, শিবা খঙঙমদে
জগৎস্যু নৌরমই ঐস্যু নৌরমই;
অদুবু, চহি তরামুক শরে ঐনা নোকলক্কবা
কয়া কুইনা অস্থম তৌনা ঐ লৈখিগনি?
রারে, ঐ রারে; করিগী হিংলিবনো খঙদ্রে।

থরায়গী ময়োন্দা রাখলনা চিকলি
লমহেনবা রাহংনা ঐবু ঙাওহল্লি
হে ঐগী থাজবগী মবুংঙো, লৌশিনবীরো ঐবু!
নংগী তাইবংসে লৈজনিংদ্রে ঐ হিংদুনা!
মী শায়দুনা মিং অমা থোজিল্লগা
অঙাংদোনা পঙহিং হিংবা
অঙাংদোনা পঙমুং নুংঙাইথোকপা
ঙহাক্কী হেদোয় হেরাওবু পুন্সিগী ওইনা খন্দুনা
জ্ঞান-মান তাদনা প লৈ লৈযু হায়বদি
ঐ খাঙবা ঙমজদে অভিমন্যুগী মতুং ইন্নিংদে।

নিংতমদ্রি নিংতমদ্রি, ঐ নিংতমদ্রি
রাখলগী লায়থুং কোক্তুরি।
থরায়গী রাহং খুমদরি॥

মঙদস্যু রারি তাইবংদস্যু রারি
ময়ি চৎলবা থরায়নি পোথাকম খঙদ্রবা পুন্সিনি
খঙদবনা থল্লবা ঐগী পুন্সি খোঙচৎনি

মাঙদা তিল্লিবা মীয়াম চবুন চবুনসে
শরণগী পোলাং ঙাক্তুনি মথরায় পানবা ইজিন্নি;
লৈরমই লৈকাইসিদা চ লমই ঐ'খাই ইরক্তা
শিখি মহাক, নীংশিংবদা মখি শান্না উরে ঙসি
নিংথমথাগী অয়ুক্তা চাক চামিন্নখি ফম্মিন্নরুনা
ঐনা লৈরি, মানা চৎখি—কদাইদা কদোমদা ?

রাখিবা ঙাক্তুনি মাগী মাগী মতমদা
মিৎকুপসিমক হিংলিবা ঐস্থ
তিনখি ইতিহাসকী অশিবা চেনা মরক্তা।
কেগে তিনগুম মহুংদা লৈ —
ঐগী চিক্লবা লকানুংদা রাখলগী কুয়োমনুংদা ঐ হিংলি
ঐগী থরায় মচাসে তাইবং থরায় অচৌবদা তিন্নবদা
ফনা নিংথিনা ঙাওই। ঐ পোকত্রবস্থ যাত্রা ?

তাইবং সমুদ্র ঈপাক্তা ঐগী মরাক্তা করি কান্নবা ?
খৃষ্টাব্দ ১৯৭৪ দা ঐ করিগী পোরিবা ?
নিংতমদ্রি নিংতমদ্রি, ঐ নিংতমদ্রি।
রাখলগী লায়থুং কোক্তুনি ॥

মীয়াম মরক্তা চৎলিঙৈ, লিশিঙগা মিংচানরিঙৈ
ঐগী অহিংবা থরায়না তনাগী থবাব উবদা
পুন্সিগী মমল, ঐগী পুন্সিগী মমল লেপ্পা ঙমদে
পুন্নমক মী ঙাক্তুনি, মীগী মী চপ মান্নবা
ঐদোনা শিনিংদবা। কনা লৈনবগে জগত্তা পুঙখায় অমতস্থ
তরং তরং লৈনিংদবা ? তুমিন্না ফমদুনা
পুন্সিগী অমম্বা মরক্তা মঙাল অমতং উনিংদবা ?
মঙাল অমতং উরগা লাম্মৈ থানবীগুম ফুং অমুক্তং ঙাল্লগা
মিৎকুপ অমতং তরং তরং চীংসুংসিদা;

খাই মাওখিবনা হেন্না পেনগদবোই খল্লি।
নিংতমদ্রি নি তমদ্রি, ঐ নিংতমদ্রি
ল্লাখলগী লায়খুং কোগুরি।
থরায়গী পাওখুম খুমদরি॥
মুমিদাংৱাইরমগী শংবানবা লাইরৈবাক্তা
লৈচিল নোংফাইগী শামী লাম্মী মবক্তা
নোঙ্গাপ্রবা ইপা-ইথৌশিংনা থুন্দিন্নবা উবদা
ৱারবা পুন্সিনা, লৈখাং চারবা থরায়না হংই
শিরগা কদায়দা ঐগী থরায় কদোমদা?
খাম্বী মৈহুংদা লৌরবা তাঙ্গোয় ওইরবা ঐহাক্না
কনাগী মতুং ইন্দুনা স্বর্গগী লম্বী চৎকদৌরিবা?
যুধিষ্ঠীরগী মতুং ইন্দুনা মওদস্ত্র স্বর্গ কাল্লমই।

---

# "খোঙচত্তা"

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

হে ভারত, থরাই কয়াগী হিরেন ওইরিবা ;
অমম্ব মরক, মুর ইথক ইরৈগী ইপাক থক্ত
মায়কৈ খণ্ডদনা পাকথ্রব তাইবং কোব সমুদ্রদা
'অকিব লৈতবা' কোব-মন্ত্রগা নিংতম্ব'ই ফিরালগা
লোয়নদুনা হোল্লো চৎলো মায়পাকপ খোঙচৎ ॥
অকি-খুদোংথিবা নোংলৈ মুংশিৎ থেংনরবদা
অতৈ কনা 'ভেংবাং' কোব মনাক্ত য়েৌন লেপলত্রবদা,
কিরদুনা লোইনমক মাই লৈথোক্কন লৈথ্রবদা
মরুপ্ন শক্তম ওন্থোক্কনা নোংমৈ শিংজং ওইথ্রবদা
নিংতম্বগী লাইনিংদ হোস্করো হি চিংনদনা ॥
নংগী হীরোই ওইহল্লোনে য়াৎন শাব শিনমী
নিংতম্বগী কোনশংদ মথৌ শণ্ডলবা থৌমী
মথৌ হনল্লবদা শোল্লু নিংতম্ব'ই মহামন্ত্র

লৈচিল লানশিংনবা নোংদোল লান তম্নব হীরোই
হিরেন নংগী, করি রাৎলি নিংতম্বনিনে মখোয় থম্মোই।
ঈশৈ অমত্তুং মখোয়' নাকোংদা তাহল্লু
তারুবদা থরায় কপ্তোকপা ঙম্বা লাইরমলেনগী ঈশৈ
খোঞ্জেল অমত্তং মখোয কোকথক্তা ঙংদ্রুনা লৈহল্লু
তারুবদা শিব কী-নাইদ্রব মপোক অমই খোঞ্জেল
শৈহোৎহল্লুনে নিংতম্ব কৌর মযেকসিনা॥
ঙমখৈ খঙদ্রব ঙমখৈদনী রাইং অমা
হৌকম খঙদ্রব হৌফনগী খোম্থোক অমা
অনিসিগী মরক্তা ইরাক্নথিবনি পারস্য মিশর
রোম, রুশ ভারতকী মীনাই ওইথিব মপোকশিং
লাউরম্মু মখোয়, থরায়না তানব "নিংতম্নে নিংতম্নে"॥
ঐদি শুপ্ন'ই উফুল মরীক অমতনি হে ভারত
নংগী হিরেন্দ পকপ, কাম্নফমস্তু খঙদ্রব.
'ছুবু নংগী খোংচত্তা য়াওজত্নুনা, হিন্দুংসিদা
ঐস্থু থরায় পীব পান্দোংগী লৈহাও মরক্তা তিন্নগে
নিংতম ইরিক খিকপ শিদ হীদাক হৌরকসনু।

---

## "নিংতম্বা"

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

নিংতম্ব'হ কোরৌ-মঙালনা তরং তরং
সনা ইরিক চাইথবগুম চাইথরক্লেনে
ঙসি নোংপোক চীংদোমপোক্তগী।
লাইরবগী খা'পোকনুংদা কাওজিল্লক্লেনে
লাইগী মঙাল নিংতম্ব তাম্থোকপিররে
অকা অপুন কোব তম্নলাই।
তাইবংগী লৈথক লৈখা লৈরোল চাম
কাওদত্তুনা চৎপ ঙম্ব আনবিক শক্তিনি
হে নিংতম্ব নংদি তুহৎপিরবগী
মিৎকী পীনি তুকথরবশিংগীনা
উদ-থৌনা মৈরানি। মীওৎপশিংগীমু
মংম হে, নাপল য়েথেক বল্লনি।

য়েহ্‌িল মপাল, কনান থওইবিকত্রব
নিথাইর' চেকপল মরক্ত, ঐস্থ অমনি
হায়না পীরু লৈশাৎ তম্নমলি যেঙ্কনেসে।
নিংতম্ব হুমিৎ মঙালদ নিংতম্ব সুংশিত্তা
হে য়েহ্‌িল মপাল ন'ম্থ নিংতম্নিবোই।
পোম্বা ফাজিনবিরবা উচেক মচা
শজুদগী কায়নহৌয়ে নিংতম্ব পাইগে
ফংখিদয়ে। লোম্দিম্নদব তাইবংমীনা
চেক্লাগী ভেংথা তাবরা?
হে নিংতম্ব নংদি পীক্ল পীক্ল থরাযগী
লাওরক্লবা খোল্লাওনি লেঙমত্রবা
শক্তমশিংগী লেঙওৎলিবা শক্তিনি।
নংদি নঙালমা মায়কৈ শীনবনি।
নত্রবদি করিগীনোনে জালিয়ানরালাবাগ
করিগীনোনে শ্রীকৃষ্ণগী অবতার
"ইমাই ইবুঙো সু শিবা নারা অপীশক
পারী ক্ষুদিরাম" তেংথাদুনা কপলিনি
মমা মচাই অশি' হকচাং কোল্লদুনা।
নৌন লৈমল চনখি লৈরাং ক্ষুদিরাম
নিংতম লানগী ফম্মেন ফমজাওথক্তা
খোংলেন শাংব য়াভাখি।
চহি তরাং-থোইতগী নৌর মাইখোং থাজনা
ঝাঁসী কোঙ্গোংদ য়াম্দুনা লৈবব্ উরুবদা
কপখিদবা কনানোনে ভারতকী থম্মোইনা।
হে নিংতম্বা নংদি শুরনিনে ঈশৈগী
শম্মোহানা খোংলকপ চিংয়া তময়া শৈথাবা
খোঙ্গেলনিমে তৌদ্রিগী। নংদিনে হে নিংতম্বা

খুজ্জাশিংগী থম্মোই সুর খুম্নং ঈশৈশনি
নংদিনে, মমাগী মিৎকি থরান
পীব্লু অঙাং নরাগী অশেব তাইবং অদুনি
অচুম্ব অশেংবগী শক্তম্নি নম্রবদবু
করিগীনোনে খোংজোম লান—
সুংশিদকো পোইরৈ, য়াম্ন অথৌবশিং
থাংলেন অমত্তুং খুত্ত পায়, লাঞ্জংখিবশিং—
মায়থীরগদৌবা খেনফমদা চৎলুবোইদকো খোংজোম লান
পোইরৈ পলেম কয়ানা পারী নখোয়গীদমক্তা
খোংজোম তুরেল তোর্বান্দা কপখিনে
"হম্নক্লো পোইরৈ অথৌবশা
সুমিদাংবাইরম ওইরক্লে পারীচিংলেন
পারী সংগোই ইমানা চয়োম পুরক্লে
বারনি চারক্লো।" মায়থীরবা সুমিত্তু বাইরমদুদা
কনা অথৌব হল্লকখিদ্রে
নিংতম লান্দা থরায় পোম্থা থারমলে
পলেমগী খাংপোক হাংহোরে।
হে নিংতম্বা ফাঁসী কোঙ্গোইনা পুনবা
নোংমৈ গুলি শঙ্গিল মতোন
মীহাৎ খুৎলাই, নমজা নমথেক পাঙ্গলনা
ওম্বরনে কাজিনবা!
য়ারোই য়ারোই তাইবং লৈশেম মপুই শক্তিনি
নংদিনে হে নিংতম্বা নোংথক নোংখা
মরোল তরামরী কাওদৎপা ওম্বা শক্তিনি।

---

## নীংতম্বা

নোংথোম্বম বীরেন

ইমম মম্মী
মকমদুদা মণ্ডাল লৈতে
পূমচিক চিকই
মকমদুদা মখোল অমত্তা তাদে
চ্যোকমোক লাউদে
হূংশিৎ শিত্তে মকমদুদা
পুম্নমক অশিবা ঙাক্তনি
নীংতম্বনা হাৎত্তোক্লম্বনি
থেঙলবা অহিংদা
য়ুমগী মৌনা অশিবা মপুম্নোইবগী মকোক

মতম্বাক্তা থাঙ্গৎতুনা
চৎপ্রবা থরায় মিরেনবু
হন্নকখিনি ঙাওরি তবংদ' য়েংদুনা
অমম্বা মরক্তা মপি ওরো ওরো শিন্থদুনা
মচা হন্নক্রুবী মমানা
লালটেন মৈরা পায়দুনা
খিরি মপারিবু
অশিবা হকচাং হাইদোক হাইদোক্তুনা
মীগী ঈনা মকম অসি ইচোৎ চোৎলে
মকম পুন্নমক্তা তারি মীগী মকোক
মীগী মখোঙ মহৎ মীগী মখুৎ মতৎ
মীগী অশিবা মশা
নন্না নন্নদুনা অমগী মথক্তা অমা
জালিয়ানরালাবাগকী লৈমায়না কপ্পি
যুমগী মোনা ভেংথারি
পৃথিনা কপ্পি পৃথিনা কপ্পি
ইমানা কপ্পি ইমানা কপ্পি
ঙমদে নমথবা মীওইবগী পুক্লিংগী পাঙ্গল
থম্মোয়গী থোনা
পোকথাইরকই মতম কুইমা থম্মম্বা
মমশিন নমশিন্দুনা
মৈগী চীং
কাপথোরকই মীগী হকচাং
খোঙ মতৎ খুৎ মতৎ কোক মতৎ
তোংশা মতৎ মতৎ
মীগী হকচাং মচেৎ মচেৎ মচেৎ মচেৎ
শিরৈ নীংতম্বগা মীওইবগী থরায়গা

থিংবা ঙমদবা মীওইবগী পুক্নিংগী থৌনানা
পাইহল্লি নীংতম্বগী ফিরান
থৱায় কয়া কথাগী পোম্বাদা
ঙসি পাইরিবা মনীঙতম্বা
মচু অহুমগী ফিরানসে
নমলি কোক্তি ঙসি ফাওবা মীগী ঈ মনম
কংলি চোৎলি ঈ ঙসিস্তু
ঐদি কিজে ঐদি কিজে
ফিরান অসে মী চাবনি মী চাবনি
মীওইবগী থৱায়গীদমক নীংতম্বা পামজবা
হে নীংতম্বা নঙবু
পৃথ্বীগী ইতিহাসতা য়াওরিবা
থৱায় কয়াবু নঙনা চাথোকখিবগী বারী নিংশিংলুবগা
ঐদি কিজে থৱায় অসি থক থক নীকই
নীংতম্বা নঙদি মীহাৎপনি
নীংতম্বা নঙদি হিংচাবনি
নীংতম্বা নঙদি মীওইবগী থৱায়নি
থম্মোয়নি পাঙ্গননি
নঙবু কৌনৈ মীওইবনা পামজনা
নীংতম্বা নঙনা হাৎতোকপী নঙবু কৌজরিবশিংবু
অদুবু নঙ য়াওদনা হিংনিংদে মীওইবনা
নঙবু কৌখদা নঙনা থুম্বগী মওংদি
নঙনা চাথোকই মী কয়া।
নীংতম্বা নঙগীদমক কপ্পি
জালিয়ানৱালাবাগকী লমাইনা ভেংথারি
ভারতকী ইতিহাসকী লমাইনা পি শিন্থরি
পৃথ্বীগী ইতিহাসকী লমাই পিনা চোৎলি

ইতিহাসনা তেংথারি তেংথারি তেংথারি তেংথারি
পৃথীনা তেংথারি পৃথীনা তেংথারি
যুবগী দুপীনা তেংথারি যুবগী মোনা তেংথারি
কৈথেল লাইরেনবীনা তেংথারি
থেংলবা অহিং অহিংদা।

---

## মৈরাগী পরেংগী অহীং

থাংজম ইবোপিশক

ঙসিদি লংলে মৈরাগী পরেং পরেংনা
সনা কৈথেল কাওরিবা সনা লমজাও।
মচা চাম্মা চান্মনা মচা লীশিং লীশিংনা
নোক্লি হয়াওরি শক্লি ঈশৈ শুংশিনা
চোংলি সুংঙাইনা বাঝাইগী পুংখোলদা।
ইমাগী কোলোয় শোল্লদুনা
ভারতকী কুনমঙাস্সুবা নীংতম্বা কুমজাগী
ঙসিগী অহীংনা শন্দোক্লি মঙাল
মাঙথ্রসনু অমম্বা মপৈগী অভিয়া।
মৈরাগী পরেং পরেংদা য়াওরি
মচু অহমগী জাতিগী কিরাল ভারতকী শকফম
কনানা মচু তরেৎ মৈতৈ মরুপকী কাঙলুপ
মৈতৈ ইমাসু য়াওরি চীংমী য়াম্বা পাখংসু
মুস্লিম ইচীন ইনাওসু।

ঙাওনা মুংঙাইরবা নহা পাখংশিং
কনাগী কোক্তা কোয়েৎ কনাগী মায়দা চেগী মায়থুম্ন
ফুরীৎ লীৎতবা হকচাংদা চোংকন্দুনা চৎপা
হয়াওনা শাম্নে থাবলদুম চোংহনা
লৈতে নিয়মগী কিশি অচেৎপা
পুন্নমক ওইখ্রে কজবতা মুংশিবতা ঙসিগী তাংলবা অহৌংসিদা।

অদুবু পুন্নমকসিবু মুংঙাইরব্রনে অশেংবমক
নোক্লিব্রনে শক্লিব্রনে হয়াওনা মুংগী ঈশৈ থম্মোয়গী
ঙাল্লব্রনে মৈয়াগী পরেংনা
চীং পাং তুরেল ভারতকী লমহাঙ থুংনা
আঃ থুঙ্গং লৌশিং লৌশিংগী মল্লবা খাংপোকী মল্লবা পুল্গী?
মদুদি হংলকণু মরূপ মদুদি হংলকনু মরূপ।
ঙসিদি শক্ত মশকশি মুংঙাইনা ঈশৈ
খোংশি মুংশিনা পোন্দা য়োকপা তেম্মরামকস্নু
শাদানবগী শক্তিমকনু
কাউথোক্লুনা ইশাবু ইশাগী গুংগী কিভস্মু
হো অমুক্তা লেপখো হো অমুক্তা লেপখো মরৈগী চক্র।
লৈরে মাঙদা নীংশিংবা
চহী চা কয়াগী ভারতকী চান্নবা মীনাইগী য়োৎহ্লীং
থমখিবা তাঙলবা মীৎকুপ খোয়াংলবা কোতিনা ঙাইনখিবা
চুপশি জুংশিনা অমৃত তাঙলবা অহৌংসি পেন্না।

বিজুলিগী লংলবা মচু কয়াগী মৈঙাল
লম্বীদা দুকান্দা দলানশিংদা ঙাল্লিবা
কূপশিল্লশি খাংপোকী অমম্বা।
জাতি তিন্নদবগী তুহৎনবা ধর্ম্ম খেন্নবগী য়েংথীনবা

লৈভবগী চাদবগী চায়াম পোকপগী যাবগী
থবক কংবগী সমস্তাগী
শেঙাও পায়বদা লাকখুম্লকপগী
পার্টি পোলিটিক্স তিয়দবা শক্তি তাবগী উংথংনবা
হো পেন্দবা হো মীংবা থুংবা
হো অশাউবগী মৈরি কাপথোক্লবা
কাউথোক্লশি পুম্নমক কাউথোক্লশি ঙসিগী সুংঙাইরবা অহৌংসিদা !
ঐশে শকশি জগোয় শাশি তিয়বা
তিয়বা য়াত্রবা লোনগী কাওলুপকী কুচুগী য়াংমদা
পুক্লীংনা থঙনবা থম্মোয়গী ধর্ম্মগী শাথেক্তা ।
ঙসিদি লংলবসি মৈরাগী পরেং পরেংনা
সনা কৈথেল কাওরিবা সনা লমজাও ।

---

## ও: ঐহাক্কী ইমা

থাংজম ইবোপিশক

ইমা ঐহাক নহাক্কী নচা অপোকপমক্কি
নহাক্কী গর্ভনুংগী
নহাক্কী হকচাংদগী তোংশাগী শরক্তগী শিংলীগী ঈদগী
মচেৎ কয়ানা ওইরকপা ঐনি।
অদুবু করিগীনো ইমা
ঐহাক্না নহাকপু অসুক নুংশিত্রিবসি
নহাকপু ঐহাক্না করিগীনো অসুক চৈনীংলুরিবসি?
নহাক্কী অশংবা লোবুক লমহাও
নহাক্কী তুরেল নহাক্কী রাংলবা চাউরবা লাইশঙ
লাঙলবা সহরগী কল কারখানা
ঐহাক্তি উদে। ঐহাক্তি উদে।
ঐহাক্না উরিবদি অহাওবতনি
অচীকপতনি থম্মোয়গী অরাম্বা খোরাংবগী

চাবা কংদবগী শেৎপা কংদবগী
ঐহাকীদি ইমা লোইবা নাইত্রবা অমম্বা মপৈ
অমম্বা মপৈ অমম্বা মপৈ
অদুনা ইমা ঐহাক্না নহাকপু খক মুংশিবা ওমদে
ঐহাক্না নহাকপু মুংশিদে।

অদুবু ঙসিদি
ঙসিদি চহী কয়াগী তুংসিদা
রাখলনা কোম্বরবা অহল ওইরবা অঙাং ঐহাক্না খঙলক্লে
ঐহাক্না ইমা মুংশিদে ইমা মুংশিদে হায়খিবদো অদুগৈ
ঐহাক্না ইমাবু অশেংবমক মুংশিজরুবনা ওইরম্লে
ঐহাক্না ইমাবু অশেংবমক মুংশিজরুবনা ওইরম্লে!

